# ইন্দিরা গান্ধীগী পুন্সিদা

# নিংশিংবা খরা

ইরবা

অরাম্বম প্রিয়কুমার সিংহ

১৯৭৬ খৃ

( সোভিয়েত লেণ্ড নেহরু এৱার্ড ফংলবা )

# ইন্দিরা গান্ধীগী পুন্সিদা
## 'নিংশিংবা থক্তা

ইরব —

অরাম্বম প্রিয়কুমার সিংহ

মমল রুপা ২'০০

অকোঙবা—

অইবা মশা

লাংথবাল মন্ত্রীখোং।




অহানবা থুংনম —১৯৭৭

কপী— ১০০০

নম্ফম—

মনিপুর গীতা প্রেস

ইংফাল।

# ইন্দিরা গান্ধিগী পুন্সিদা নিংশিংবা খরা ।



শ্রীইন্দিরা প্রিয়দর্শিনী, শোক ১৯১৭ কী নবেম্বর তারিখ ১১ দা এলাহাবাদতা পোকই। অপোকপগী মিং পণ্ডিত জবাহরলাল নেহরু, অদুগা অপোকপী মিংনা শ্রীমতি কমলা নেহরু কৌই। ইন্দিরা পোকপা মতম'স রাসিয়াদা পৃথিবীগী ইহান-হানবা সোসিয়েলিষ্ট বিপ্লব তৌবগী মায় পাকসকপা মতমদনি।

মহাক্কী মহৈ মশিং তম্বদি অহানবদা ভারততা অদুম তমই, মথংদা স্বইজর্লেণ্ডদা তমই। অদুদগী কবিগুরু রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী শান্তিনিকেতনদা অমুক তম্লম্মী।

শোক ১৯২৯গী লাহোর কংগ্রেস অধিবেষনদা জবাহরলালবু সভাপতি খল্লকুনা ভারতকী রাজনীতিগী মফমদা মতৌক মঙালগা লোয়ননা ফাওগৎলকপা মতমসিদা ইন্দিরাস্থু চহি ১২ শুরকপগী নিংথিবা মতম ওইরক্লম্মী। চহি ১২ শুরকপা মতমদা তুংদা থোনা ফবী মুপী অমা ওইরক্কদবগী মঙাল অদু ফাওরম্মী। মহাক্না মতমদুদা অপিকপা অঙাং ময়ামগী সংগঠন অমা 'বান্দর সেনা" কায়না থোন্দুনা শেমগৎলম্মী। মদুগী সংগঠন অদুগী মশাং লিশং কম্ফ কাওবা য়োখ। মসিনা জাতিগী নীংতম্বগী আন্দোলন মতমদা য়াম্না মতেং ওইখি। হায়বদি মখোয়সিনা অশোক-অপন-শিংগী সেবা তৌই, লোয়্না পাতে পুথোক-পুশিনগী অরুবা থবক কয়া কাওবা তৌরম্মী।

শোক ১৯৩০ দগী ১৯৪১ ফাওবা ভারত মনীং তম্বগী লানফমগী ইতিহাসতা থৌনা কবী ইন্দিরাগী যাম্না মতেং ফংখ্রে। অপোকপী কমলা নেহরু 'লৈখিদ্রেব মতুংদা ইন্দিরানা জৱাহরলালগ চেগু হায়বদু ওইরম্মী।

শোক ১৯৪২ অসিদদি ইন্দিরা লুহোংলে অদুবু মহাক্না মপা থাদোক্নুনা মপুবোইবগী মযুমদা চৎলমদে। মহাক্না মৌ অনৌবী ওইবগী পুন্সিত্তবুদি মপাগী সেবাদনা হেন্না পুক্নিং চঙলম্মী।

ইন্দিরাগী মতেং ফংলমদ্রবদি জৱাহরলালনা অচৌবা থবক কয় পাঙথোকখ্রিবসি য়ু না থোকলমগ'ন। অদুগা অমরোমদনা মুগপুরুষ ওইববা মপাগী সেবাদা আহং পুংথিল নাইদনা লোয়নদুনা লৈরক্লমদ্রবদি ইন্দিরাস্থ হৌজিক্কী ফিবম সি ওইবমদবা য়াই।

ইন্দিরা অসি 'মপা নিংবা য়াম' হায়না মুপাশিংগী মনুংদা জগতনা শীংথানবগুম মুপীশিংগী মনুংদা "মপা নিংবী ইন্দিরা" হায়না শীংথানবা য়াই। মহক্না মপা 'লএবা মতুংদস্থ মখোয়গী ইমুংগী ফক্লাংদা থেৎলিবা মপাগী ফোটোগী মমাঙদা মকোক নোনদুনা লেপ্পী অদুগা হেক হেক কপ্পী

অম্নম্না পণ্ডিত জৱাহরলাল নেহরুগী প্রান্স য়ারী কয়া মীওই কয়া কয়ানা ইনরি অদুবু অকুপ্পা থোদোক কয়াগী হিসাব য়াওনা হবা ঙমগদবদি ইন্দিরাতান। মরমদি নেহরুগী পুন্সিদা মহাক্কী প্রাইভেট সেক্রেটরী কয়াগা লোয়নবদগী ইন্দিরানা হেন্না মিৎকুপ কংদম লোয়নবা হায়বদু য়াবনি।

মপা নিংথৌ ইন্দিরাদি পণ্ডিত নেহরুগী মচিগা মায়না ডাই-হাক্তা থাদোক্লদনা লৈবা মরম্না নেহরুনা হেক চৎপা পৃথিবীগী দেশ খুদিংমক মহাকন্ত চৎলে, দেশ কয়াগী রাজনীতিগী লুচিংবা কয়ানা মহাকপু মশক খঙলে। রাজনীতিদা য়েংলবস্ত, পৃথিবীগী রাজনীতি লুচিংবা কয়ানা রাজনীতিদা খোঙদানরকপসি ফনা নহা ওইনা রাজনীতিদা য়াওরক্লবস্ত মশাগী রাখল খঙবা ঙম্নবা মতমদা অয়াম্বা য়াওনরকপা ডাক্লনি অদুবু ইন্দিরাদ রাজনীতিগী কেন্দ্র ওইবা ইমুংদা পোকপনা নাউশুমদা খোঙ কাওদুনা শান্নরিবৈদগী কৌনা রাজনীতিগী অরুবা রাহৈ কয়া তারক্লবনি, দেশকী রাজনীতিগী লুচিংবা কয়ানা শক খঙবতা নত্তনা মখোয়গী চাল-চলন পুম্নমক মমি তাশ্লবনি শম্না কায়রবদা তুম্ব, চাবা, চৎপা, পোশ্বব মতম পুম্নমক্তা রাজনীতিগ য়াওন্নদুনা চাউরক্লবনি।

অসিগুম্বী ওপী অমনা ভারতকুম্বা চাউরবা দেশ অমগী রাজ-নীতিগী লু চংবী অমা ওইরকপসি খন্থরবদি কারস্ত ঙকানিংডাই ওইদে। করিগুম্বা ইন্দিরানা হৌরক্লিবা ফিবম আসগা ওম্নতৈনবা ওইনা রাজনীতিগী মরাক অমত্তা পক্কবা মীশক অমা ওইখোরক্লবদি রাম্না ঙকরমগদবনি।

বৃটিশকী মীনাই ওইরিবৈদা ভারতকী রাজনীতিজ্ঞ অমনা ফংখিবা জেলগী অরাবদু ইন্দিরাগীস্ত থুংদবা নত্তে। থা ৯ চুপ্পা জেলগী অরাবা খাঙখ। শোক ১৯৪২ গী 'ভারত থাদোকউ' হায়বা আন্দোলনগী মতমদা এলাহাবাদকী পুলিশনা ইন্দিরাবু ওম্নোক্না মচৌ থীবা মওংদা থাজত্তুনা পুলিশকী গাড়ীদা

হাপকৎখি। অদুগুম্বা ঐ শাগৎনিঙাই ওইবা দৃশ্য অদু অউবা মীপুম খুদিংনা "দ্রৌপদী ফি মুনবগী" দৃশ্যদগী তাদনা থম্মোয় শোক্নখি।

থৌনাকবী অমা ওইনা শী'থানিঙাই ওইবা থবক কয়াগী মনুংদা শোক ১৯৪৭ কী সম্প্রদায়িক ওইবা থৌদোক দিল্লিদা থোকখি মতুংদা ইন্দিরানা ঘটনা অদুদা অশোক-অপন কয়াগী সেবা কোয়না অকিবা লৈতনা চত্নুনা তৌখি।

ইন্দিরাবু কংগ্রেস সংসদীয় পার্টিগী নেতা হেক খল্লকপগী মতমদা মহাক্না হায়খি—"দেশ অসি মপাঙ্গল কলহন্নবা অমদি শান্তিগী-দমক্তা হোৎনগনি। ভারতসি খুদোংথীবা কয়া মায়োক্নদুনা লৈরবনি; অদুবু ঐনা থাজবদি মসি অসিগুম্বা অচৌবা দেশ অসিগী শান্তিতনা পুম্নমক মায়োক্নবা ঙমগনি শান্তিগী দমক্তা লাল বাহাদুর শাস্ত্রী মশামক মথরাই কথোকপ্রবনি অদুনা ঐখোয়না শান্তিগী য়াথঙ অসি পাকথোক চাউথোকহন্নবা অমসুং দেশসি মপাঙ্গল কলহন্নবা অমদি নিংথিনা ঙাকশেন্নবা হোৎনবা তাবনি।"

ইন্দিরানা অসিমসু থাজরম্মী মদুদি ভারত অসি লাইরিক-লাইশু লৈবা য়াৎপা তুং শোম্বা দেশ অমা ওইজরবসু মমাঙ-লৈবগী চৎনরল্লবা একতাগী পাঙ্গলতন মীলৈবাক্না শীংনরকপা কয়া মায়োক্নরকই অদুনা হোজিকসু একতাবু লৈরবাদ সমস। খুদিংমক লায়না পাংথোকপা ঙমগনি।

শোক ১৯৬৬ কী জানুয়ারী তাং ২৮ দা মোফোগী খবর পুম্নমকী অহানবা লামায়দা মরেক অচৌবনা থাদুনা ভারতকী

প্রধান মন্ত্রী ইন্দিরা গান্ধিনা পৃথিবীগী খ্বাইদগী চাউবা দেশ রুশকী প্রধান মন্ত্রী কোসিগিনদা ইবা চিঠি মরোল অদু ফোঙদোক্লম্মী—

ইন্দিরানা মাগী চিঠিদা—'ভারত অমদি রুসকী মরুপ-মপাং ওইবগী অমদি শান্তিগীদমক্তা হোৎনমিন্নরিবা অদুগা লোইনম শন্দোকপগী মায়োক্তা থেংনমিন্নরিবা মায়বা আদর্শদুদা লেঙদনা লেহ য়বা ফোঙদোকই। আদর্শ অসিমক জবাহরলাল নেহরু মশামকী পুন্সিগী ওইবা রাখলনি অদুগা ভারতকী মীয়ামগী রাখলসু আদর্শ অসিদা লৈজবনি হায়বা ফোঙদোকই। অদুগা ইন্দিরা মশামকসু হায়রিবা উদ্দেশ্যশিং অসি কংনবা কয়া হোৎনগনি হায়না হায়রম্মি।

ঐতিহাসিক ওইরবা তাসকেন্ট ডিক্লারেসন অদুগীদমক রুসনা হোৎনখিবা কয়া শিংথাদুনা চিঠি অদুদা হায়রম্মী মদুদি ভারতসু তাসকেন্ট ডিক্লারেসন অদু থবক ওইনা পাঙথোক্লবা হোৎনবা হায়বসিদা লেঙদবনি হায়না ফোঙদোকলম্মী।

চিঠি অদুদা রুসনা ভারততা পীরিবা শেলগী মতেং কয়া অদুগী দমকসু থৌবিমল খঙবা উৎলম্মী। অমসুং দেশ অনিমকী মরক্তা শেল-থুমগী মতেং পাংনরিবা অসিগী মরী অসি হেন্না হেন্না ফগৎহন্নবা অতৎপা লৈতনা হোৎনগনি হায়বসু চেৎনা পল্লি। তাসকেন্টকী মীয়ামনা স্বর্গীয় শাস্ত্রীজীদা পীখিবা শ্রদ্ধাঞ্জলীগীদমকসু থৌবিমল খঙবা উৎলম্মী। ভারতকী খুদোংথীবা হোজ থেংথাং কয়াদা রুসনা মরুপ ওইবগী রাখলদা শেংনা ভারতকী মায়কৈদা লেপখিবা চিঠিদুদা পল্লম্মী।

শোক ১৯৬১গী নবেম্বর থাদা ইন্দিরানা আমেরিকাদা চৎপ-হুদা জোন্সনদি মতমদুদা আমেরিকাগী ভাইস প্রসিদেন্ট ওইরি। মহাকনা ইন্দিরাবু স্বাগত তৌবা চাকলেন অমদা হায়রম্মী— "করিগুম্বা ভারতা কোয়বা তারবদি মরুওইনা ভারতকী খুঙ্গংদা য়োরকপা তাবনি। অদুগা ভারতকী মরমদা কুপ্না খঙগে হায়রবদি মহা কবি রবিন্দ্রনাথ ঠাকুরনা ইবা লাইরিকশিং শোয়দনা পাগদবনি। তৌইগুম্বসুং ভারত হায়বসিবু লায়না খঙনিংলবদি ইন্দিরাবু খঙবিয়ু"—হায়না জোনসন্না কোঙদোক্লম্মী।

ইন্দির বু দেশ পুম্নমক্কা রাজনীতিগী লুচিংবী, থোনা কবী অমা ওইনা খঙই। তৌইগুম্বসু মহাক্কী থম্মোয়দি মীপুংশি অমদি থৌজালগী তুংনকমস্ত ওইরম্মী। নোংমা জরাহরলালগা মপামচা করিগুম্বা কেম্ব্রিজ অমা য়াওরুবদগী হল্লকই, লম্বীদা অকনবা নোং অমা নংলম্মী, নোং মরক অদুদা ইন্দিরানা কার মপুংদগী য়েং-থোকখিবদা লম্বীদা হনুবা হনুবী মতৌ মনাও নোং মরক্তুদা বানা থক থক নিকনা কোনশিল্লুনা চৎলম্বদু উরম্মী। মতু উবদা ইন্দি-রানা মপাদা কার থাম্নবা হায়রম্মী। নেহরু মচাপুপীগী রাখলদু নিংথিনা খঙলম্মী, মখোয়না হনুবা হনুবী অনিদুবু কারদা কৌশিল্লুনা কমহল্লম্মী অদুগা 'কদায়দা লৈবনো' হায়না হংলম্মি—হনুবা হনুবীদুনা "অশোক হোটেলগী মনিংদা থাংপোক অমদা লৈজবনি"—হায়না খুমলম্মী।

হনুবা হনুবী অদুনা—করম্বা ঈশ্বর অমগী নোংদমনো হায়না ইঙক ঙকলম্মী মখোয়গী থাংপোকশঙদু য়োরগা কারদগী কুমথরবা

মতমদা ইগুক গুকনা—"ইবুঙো নং ঈশ্বরনা য়াইফবা পীনসনুকো, নহাক্কী মি'বু করি কৌবগে ?

"ঐনা জৱাহরলাল কৌই অদুগা অসিনা ঐগী ইচাযুপী ইন্দিরানি"।

জৱাহরলালগী রাহৈশিংদু ভাবদা হনুবা হনুবী অনিদুনা অমুক্তা হেন্না গুকনা মচিন্দা করিগুম্বা খরা শোনবগুম তৌই অদুবু কারদি খৌরেম্ব।

জৱাহরলালনা অঙাংশিংবু লুন, তৌবগুম ইন্দিরাসু অঙাংশিংবু য়াম্না লুনা তৌরম্মী করিগুম্বা মতম অমদা হেক চৎখিবদা জৱাহরলালদা তৌবগুম মহাকপুসু অঙাং মরায়া 'ইচে ইন্দিরা' হায়দুনা কৌরশিল্লম্মী। নোংমা অঙাং অমা নেহরুগী কাদা চ গুকঅগা মখোয়গী লৈকোলগী মালিদা "ইচে কদাইদা লৈ ?" হায়না হংলম্মী। মালিদুনা ইগুক গুক্লা "ইচে হায়বদি কনানো ?" হায়দুনা হংলম্মী— মদুদা অঙাংদুনা অমুক্তা হেন্না গুক্লা— "হাইমা, নং ঐখোয়গী ইচেবু মশক খঙদবা ?... ইচে ইন্দিরাবো—" অঙাং অদুনা গুকইবদি য়ুমদুদা অদুক তোয়না লৈরবা মালি অদুনা ইন্দিরাবু খঙদে হায়বদুনি।

মাশিদুনা—"চৎলো, সিদা ইচে কনা অমত্তা লৈতে"—হায়দুনা অঙাংদুবু ভাম্থোকলম্মী।

ভাঙনরিবদু ইন্দিরানা ইমুংদা ভারদুনা মপান্দা খোরকলম্মী। মহাকপু উবদা অঙাংদুনা হর্ষাওনা চেনশিন্দুনা কোল্লম্মী অদুগা হায়রকই—''ইচে মসিগী মুপা অসি য়াম্না ফজে, মহাক্লা—চৎলো সিদা ইচে কনা অমত্তা লৈতে হায়দুনা ঐবু ভাম্থোকই।"

অঙাংডুনা ইচম চম্না রাকৎপড়ুদা ইন্দিরাগী থম্মোয়দা অঙাংঙুবু সুংশিবগী চাং খংহেন হেনগৎলম্মী অমসুং থম্মোয় তিংনা কম্না নোক্লডুনা অঙাংডুবু পমখৎলগা চেৎনা কোনশিনবিরম্মী অডুগা হায়রকই—"হোয় হোয় মসি য়াম্না কত্তবা মীনি, নংঙোম্পা হয়েংমখৈ চৈদনবা মসি সিদা লৈহল্লরোই তানথোকপ্রগে" হায়দুনা অঙাং অডুগী মপূনিংড় হরাওহল্লম্মী।

ইন্দিরাগী মথুন্তা ভারতকী শাসনগী চূকলি হেক শিন্নবদগী ভারতকী লায়রবা মীয়ামগী য়াইফনবা "গরিবী হতাও" হায়বা খোল্লাউ লাউরকই — মহাক্না হায় — "ভারতকী প্রজা মীয়াম অসি থোং মায়না চাওখৎহনগে হায়রবদি লায়রবা মরু ফংমা মুৎথৎপা হায়বসি ঐখোয়গী মরু ওইবা পান্দম ওইগদবনি। মহাত্মা গান্ধিজীনবু দেশকী অরা-অনং ময়ামসি কোক্লবা কম্না হায়রম্মী। ঐখোয়না ভারতকী মীয়ামগী য়াইফনবা কপ্পী থিবা তাবনি। অতুবু দেশ মমুংগী য়ৈথাই থিনগায়বা পাম্বা কাংধুশিংনা অপনবা কয়ামুক পীবনা নিংতম্লকপা মতুংদগী শেমগৎ শাগৎ-লক্লিবা অসি ফনা নিংথিনদি অওনবা অমগী মাংখৈদনা চঙশিল্লক্লে অডুবু ঐখোয়না শেমগৎকদবা থাংলিবা অসিগা চাংদমলুরবদি পাক-চাউরবা সমুদ্র ঈপাক্তা ঈরিক খরগুম্বতা মঙাগরি।'

মহাক্না হায়—"অসিগুম্বা থোং মায়না চাওখৎহন্নবগী অমত্তা তায়রবা পান্দমদি গণতন্ত্র, সমাজবাদ, ধর্ম্মদা খেন্নবা লৈতবা (সেক্যুলরিজম) অসিদা য়ুমফম ওইবা ভারত অমা শেমগৎপা তাবনি। সমাজবাদ হায়বসি পৃথিবী অপুম্বগী ওইরক্লবনি;

ঐখোয়গী ভারত মপুংসিংবক্তদগী সমাজবাদকী মুক্ষম ওইরবা রাজ-নিতি পার্টি অমত্তা ভুংকোইনা ফিংবা ওয়রোইদবনি”—হায়বসি কোংদোক্লম্মী।

ইন্দিরানা মচিন্তা সমাজবাদ হায়বা নত্তুনা থবক্তগী জবা-হরলাল নেহরুমক্লা চহি ১৫ চুপ্পা ভারতকী সাসনগী চুক্তি পায়রুনা লাকপদা পাঙথোক্লমদব, সমাজবাদকী লম্বীদা চত্শিনবদা অপনবা ওইগদবা অচৌবা সমাজিক ওইবা অওনবা থবক কয়া পাঙ-থোকপ্রে। খুদম ওইনা ভারতকী অচৌবা লনাই মোনোপোলি বেঙ্ক ১৪ সরকারনা লৌশিল্লে, অদুদা নত্তুনা ভারতকী নিংথৌ পুন্নমক্লা ফংলম্বা প্রিভি পর্স ককথংলে। অসুম্বা ভারতকী লায়রবা প্রজা মীয়ামগী স্বার্থদা সমাজবাদকী মায়কৈরোমদা থৌনা ফবগী লালজং লৌথ্রবনি।

ইন্দিরানা শান্তিগী মরমদা চৎনা হায়—ঐখোয়গী পান্দম সমাজবাদ হায়বসি মপুং ফাহনগে হায়রবা, হায়বদি লায়রবা কোকহনগে হায়রবদি শান্তি দরকার ওই। হৌজিক পৃথিবীগী মীপুম অয়াম্বা শান্তি পাম্বগী মায়কৈদা লৈরবনি। অদুনা ঐখোয়না সমাজবাদকী পম্বুং য়োংগে অমদি লায়রবা থেংনগে হায়রবদি শান্তিন থুংলাই ওইগদবনি। অদুগা অ রোমদা শান্তি ওইনা পানগে হায়রবদি সমাজবাদ ওইগদবনি। সমাজবাদ অমদি শান্তি অনিসি থানবা য়াদবা মরিনি।

মহাত্মা একটাগী মরমদা কয়া হায়—“ঐখোয়না শান্তি, নীংতম্বা, অমদি সমাজবাদ অসিগী পান্দমসি কংগে হায়রবদি

একটা হায়বসি তংভাই ফত্রবনি। ঐখোয়গী পান্দম অসি তয়াইবা নত্তে, একটা ওইনা অহনবা লৈতনা থেংনরকপতনা পান্দম অসি থুনা ফংবা ঙমগদবনি।"

মহাত্মা মথা ভানা হায়-"ভারতকুম্বা লোলগী খেন্নবা কয়া লৈবা, ধর্ম্ম অমদি সংস্কৃতি খেন্নবা কয়া, মৈচৌরোন্দগী চৎনরকপা চৎনবী কয়া, অসিগুম্বা মখলগী অন্ধবিশ্বাস কয়ানা পুন্দুনা ঐগী ঐগা হায়বসিদা খজিকচং লাপথোকনা উবা ঙমদ্রবা মীয়াম্না মশীং য়াম্না লৈরবা দেশ অসিদা একটা পুরক্নবা হোৎনবা অয়ায়বা থবক নত্তে। অদুবু একটা হায়বসি লৈত্রবদি চাওখৎপদা অথিংবা লৈবনিনা একটা হায়বসিদি তঙাইফত্রবনি। অদুনা একটা পুরক্নবা হোৎনবদা অথিংবা ওইরিবদি অন্ধবিশ্বাসনি। অন্ধবিশ্বাস হায়বসিদি লাইরিক-লাইশু হৈতবা, বিজ্ঞানিক ওইবা য়াৎপদগীনি। মরম অদুনা লাইরিক হৈতবা মীয়ামসি লাইরিক ইবা পাবা থোক্নবা হোৎনবা হায়বাস মরু ওইনা হান্না পায়খত্নবা য়াদবী থবক ওইগদবনি।"

ইন্দিরা শোক ১৯৩৮ দা কংগ্রেস পার্টিদা য়াওই, অদুদগী শোক ১৯৫৫ দা কংগ্রেস পার্টিগী একজিকুটিভ কমিটিদা য়াওই; অদুদগী তেনগ্নবা চাহি ৪ গী মমুঙদা হায়বদি শোক ১৯৫৯ দা কংগ্রেস প্রেসিদেন্ট ওইরম্মী। অম্মুম্না মথং মখং কেন্দ্রগী ইনফোর্মেসন অমসুং ব্রোদকাস্তিংগী মন্ত্রি ওইরকই।

প্রধান মন্ত্রি ওইদুনা ভারতকী শাসনগী চক্রি হেক পায়রবা হৌরকপদগী খুদোংথীবা অপনবা কয়া থেংন-থেংননা সমাজিকী

ওইবা অওনবা কয়া পুররক্লবা হোৎনরকপদা য়েক্লবশিংনা মথবায় ফাওবা হাংকে তৌরক্লবা ফাওদা অহনবা লৈতনা ভারতকী লায়রবা লৌমী শীন্মী মীয়ামগী স্বার্থদা শেলথুমগী থৌরম পরেং ২০ খক লাউথোক্কনা চংশিল্লকই। ভারতকী প্রজা মীয়ামগী ফনবগীদমক্তা হোৎনবদা মথবায় ফাওবা পাম্মদনা থৌনা ফনা অহনবা লৈতনা হোৎনরকপগীদমক ভারত অমদি মপানগী চাও-খৎপা পাম্বা প্রজা মীপুম খুদিংনা অথাকপা লৈতনা থাগৎ-নরকখিবনি।

ইন্দিরানা লাউথোকখিবা শেলথুমগী থৌরম পরেং ২০ অদুদি--

১। তঙাইফদনা দরকার ওইবা পোৎকী মমল হন্থহনবা, পোৎথোক হেন্না পুথোকপা, দরকার ওইবা পোৎশিং খোমজিনবা য়েনথোকপগী থবক লৌংথিনা তৌবা অমদি সরকারগী ওইবা খরচ হন্থবা।

২। লৌকমগী অহেনবা সীমা (সিলিং) থুনা লেপথোকপা লম লৈতবশিংদা অহেনবা লম থুনা য়েন্থোকপা অমদি লমগী রিকোর্ড থুনা শেম্বা।

৩। লম লৈতবশিং অমদি সমাজসিদা শোথহৌরবা কাং-লুপশিংগীদমক য়ুম্ফম পীনবা থৌরাং তৌবা।

৪। থৌমীশিংবু (মজদুর) নমদুনা থবক শূহনবা আইন্না য়াদবনি হায়না থুনা লাউথোকপা।

৫। খুঙংগী লায়রবশিংদা তোনবা শেল কোকথোকপা।

লম লৈতবা থোৗমীশিং, অপীকপা লোৗমীশিং অমদি শিল্পকার শিংদগী শেনদোন থোমজীনবা ৫০০০বা আইন শেম্বা।

৬। শিল্পগী লোৗমীশিংগী থুংশুবন লেপ্পা।

৭। লম হেক্তর লাক্ষ ৫০দা ঈশিং ফংহনবা তোৎনবা লৈম্বুংগী ঈশিং লোৗতবদা হেন্না শীজিন্নবা জাতিগী ওইবা থৌরম পরেং শেম্বা।

৮। ইলেকত্রিক থোকহন্নবগী পোৗরম য়াংশিলহনবা, কেন্দ্রগী থৌশীল মথান্দা সুপর থর্মাল ষ্টেসন লিংখৎপা।

৯। হেন্দলুম চাওখৎহনবা অপৌবা থৌরাং পায়খৎপা।

১০। কয়োলদা য়োল্লিবা ফি ষগৎহনবা অমদি য়েন-থোকপগী নীংথিনা থৌরাং তৌবা।

১১। সহরগী লম অমদি সহর শেমগৎপা য়াবা লম সমাজগী ওইথোকপা, লেন্না লৈবা অহেনবা লম থোপচিনবা, অমদি নৌনা য়ুম-কৈ শাজিনবশিংদগী অহেনবা লৌথোক্লবা তৌবা।

১২। সহরগী সম্পত্তিগী মমল য়েংশিন্নবা থোইদোকপা স্কাদ অমা লিংবা, তেক্স লোৎশিনবা অমদি লান্না পাউ পীব-শিংগী মথক্তা মুকদমা তৌবা অমদি অকনবা দন্দি পীবা।

১৩। স্মগ্লরশিংগী সম্পত্তি মৎনবা থোইদোকপা আইন শেমগনি। মশাগী মমিংদা লৈবা অমদি কোঙদোক্তবা সম্পত্তিশু মৎকনি।

১৪। কেপিটেল ইনভেসমেন্টকী নিয়ম কোমথোকহল্লগনি।

অদুগা ইমপোর্ট লাইসেন্স পাম্না শীজিন্নবশিংদা অকনবা এমন লৌরগনি।

১৫। ইণ্ডস্ট্রিগী মেনেজমেণ্টতা শিম্নীশিং য়াওনবা অমদি পোৎথোক হেনগৎহন্নবগী মরমদা প্লান লৌরগনি।

১৬। নেসনেল পার্মিট স্কিমগী প্লান হৌরগনি।

১৭। ময়'ম ওইবা কাংলুপকী ইনকমটেক্স লিশিং অরুক ওইরবদগী লিশিং নিপালদা ওইরগনি।

১৮। ছাত্রশিংগী হোস্টেলদা ছাত্রশিংগী দরকার ওইবা পোৎ অরেপ্পা মমলদা ফংহন্নবা শীনবা।

১৯। ছাত্রশিংদা অরেপ্পা মমলদা লাইব্রিকশিং অমদি ষ্টেসনরীগী পোৎশিং ফংহনবা।

২০। অনৌবা এপ্রেনটিসশিপ প্লনে তৌবা মসিনা থবক অমদি ট্রেনিংগী খুদো চাবা ফংলগনি। মসি মরু ওইনা ভুং শোথহৌরবা কাঙলুপ্তা খুদোংচাবা পীগনি।

অসিগুম্বা হীরম কুনগী থৌরম পরেং অসি পাঙথোকপদা মরু ওইনা লায়রবা কাংলুপশিংদা হেন্না খুদোংচাবা ফংলগনি। থৌরম পরেংশিং অসি লাঙথোকখিবদগী ভারতকী ষ্টেট খুদিংমক্তা অহান অকোন মাইনা লমগা চানবা থৌরম কয়া পায়থৎপা হোত্রে।

থৌরম পরেংশিং অসি পাঙথোকপদা অপনবা ওইগদবা ষ্টেট মেচিনরিশিংগী মথুংদা লায়রবা কাঙলুপকী হুমাংমল শুমহুনা চানিংবা, চাওখৎপগী মায়কৈদা অওনবা পামদবদি বুরোক্রেট ওফিসারশিংতনা ওইগদবনি।

থৌরম পরেংশিং অশি মপুঙ ফানা পাঙথোকপদা সমাজ-বাদকী মাবকৈরোমদা চঙশিল্লকবগী থোঙলম্বী অমদি য়াৎপা হৌরে হায়গনি।

ইন্দিরাগী লুচিং মথাদা পাযখৎলক্রিবা থবকশিং অসি অতৎপা লৈত্তনা অসুম সমাজবাদকী পম্বৈং য়োনবা মথং মথং পায়খৎলকনি হায়বগী আশা অসি ভারতকী লায়রবা মীয়ায়া তৌনরি।

ইন্দিরানা পায়খৎলক্রিবা থবকশিং অসিনা মহাকসি ভারতকী তুং শোত্থহৌরবা লায়রবা কাঙলুপকী "থরায়" হায়বদু ওইরে। "ভারতকী অনৌবা থরায়" হায়বসিমক ইন্দিরা পোকপদা সরোজিনী নাইডুনা থারকপা মুংঙাইবা কোঙদোকপগী পাউ-জেলদা—"নোনা ফংলিবা অঙাং অসি ভারতকী অনৌবা থরায়নি" হায়খিবনি।

খোংনাং মহৈগী মপুঙদা য়াওরিবা পীকথ্রবা মরু অদু য়েংলগা চাউথ্রবা খোংনাং পাম্বী অসি পীকথ্রবা মরু অসিদগী ওইরকপনি হায়বসি খঙদবশিংনা থাজব ঙমদে মতুংগা অখঙবশিংনা করিমু ঙক্কে। অতুম্না ইন্দিরা পোকপদা সরোজিনী নাইডুনা হায় খবা য়াহৈ অদুমক ঙসি ইন্দিরানা ওহরার।

অদুবু ঙসিগী ওইরিবা মথায় ফাওবদা পাম্মুদবী থোনা কবী ইন্দিরা অসিনা অঙাং ওইরিঙৈদদি ঈকায়থোবনা স্কুলগী ওইবা থোৗরম কয়া অমদি ডিবেট ফাওবদা বা ঙাঙঙু য়াদে হায়না—ব্রিষ্টল পব্লিক স্কুলগী ওজা পুপী পতিয়ারো হায়বীগনা

ইন্দিরানা ব্রিষ্টল পাব্লিক স্কুলদা তম্লিংগী ছাত্র জীবন অসু লন্দনগী "ডেলী টেলিগ্রাফ" হায়বা খবরদুদা ইরকপদা পল্লি।

মহাক্না হায়—"ইন্দিরাসি মতমদুদা পপুলারদি ওই অদুবু য়াম্না ঈকায় খীগল্লি অগনা অয়াবা মতমদা তুমিন্নবা নৈ। স্কুলগী ডিবেটতা মহাক্না মমায়বী ভারতকী ছাত্রী অয়াম্বনা নীংথি নীংথিনা বা ঙাঙ্গ্ঙ অদুবু ইন্দিরাদি তুমিন্না অদুম লৈরম্মী। সংস্থান কয়ানা ইন্দিরাদা ভারতকী সমস্যাগী মরমদা খরা ঙাঙবিনবা হায়জরম্মী অদুবু মহাক্না ঈকায়বদগী য়ারমদে।"

অদুবু অডাং ওইরিঙৈদা মীয়াঙথোকপা ঙম্বগী থৌনা লৈতদবী ঈকায়খীবী অসিনা হৌজিক্কি শক্তি পুম্নমকী তুংনকম ওইররে।

রাই, বি, চৌরাম্না ইন্দিরাবু প্রধান মন্ত্রি ওইরকপগী স্বাগত বাহৈদা—"পৃথিবীগী খ্বাইদগী চাউবা গণতান্ত্রিক দেশ অমগী প্রধান মন্ত্রি ওইনা নুপী অমবু খল্লকপসি চাউথোকচনিংঙাই ওই। মসিদা ঐখোয় ভারতকী প্রজানা গণতন্ত্রবু থাজে হায়বসি অমুক্তা হন্না হায়নীংই অমস্তুং নুপী নুপা মান্নবগী বাহৈসি কন্সেংনা সংবিধান্দা লৈতেং ওইনবা ইবা নত্রে ঐখোয়না মৈহৌরোন্দগী মন্দরাশিংদা শক্তি পূজা তৌরকই অদুবু হৌজিক্কি রাজনীতি ক্ষেত্রদসু শক্তি পূজা তৌরগনি" -

স্বর্গীয় লাল বহাদুর শাস্ত্রী লৈতবগা মরি লৈনবা থৌরম অমদা ভাষন পীবদা ইন্দিরানা হায়খি— "ঐসি নুপী অমনি য়াম্না "অবলা" হায়নবনুনি অদুবু নুপী হায়বসি ওম্নগী "অবলা"

তমক ওইবা নত্তে শক্তিগী খুদম অমসু ওইরিবনি। হসি ওয়াং-ঙগী বা নত্তে চহী চা কয়াদগী মীয়াম্না গঙ্গা মাঙাদগী পাঙ্গল নিবা লাকনৈ। ঐগী মমাঙদা ওইখিবা প্রধান মন্ত্রিশিংসু গঙ্গাগী ঙক্সমদা চত্নুনা পাঙ্গল নিরুই। ঐসু অদুগুম্বা পাঙ্গল অদু ফংনবা গঙ্গা মাঙাদা প্রার্থনা তৌজরিবনি।"

ইন্দিরাগী পুন্সিদা নীংশিংবা থরা ইঙবগী মনুঙদা মহাক্না চহী ১০ শুরকপা মতমদা জিমাকচুগী লমদম মসুর জায়বন্দুদা লৈরিবৈ জবাহরলালনা চিঠি কয়ামরুম ইরম্মী, চিঠিশিংডু পাবদা অঙাংশিংবু মতৌক চাবা নাগরিক অমা ওইবত নত্তনা। লুচিংবা কয়া ওইরকপা য়াবনি অদুবু লাইরিক মচাসিদা অশাংবা চিঠি ৩০ মুক অদু হাপচিনবদা খুদোংচাদবনা অমখক্তং নমুনা ওইনা হাপচরে—

চিঠিগী মরোল—

"সংসারসি লাইরিক অমনি"

মহাক্না ঐগী ইনাক্তা লৈরিবৈদদি নহাক্না খঙদবা য়াফম কয়া ডোয়না ঐঙোন্দা হংঙি অদুগা ঐনা মদুগী পাউথুম পীনবা হোৎনৈ। অদুবু হৌজিক নহাক্না মসুরীদা লৈরে অদুগা ঐনা এলাহাবাদতা লৈরে। অদুনা হায়ৎম্না য়াঙী শানবা য়াত্রে। মথম অদুনা নংঙোন্দা সংসারসিদা লৈরিবা অচৌ পীশক দেশ কয়াসিগী য়াঙী ইগে হায়না ঐনা খল্লি। নহাক্না হিন্দুস্তান অমদি ইংলেণ্ডগী কীতম থরা ইতিহাসতা পারে। অদুবু

ইংলেণ্ডদি শুপ্নগী পীকপ্রবা দ্বীপ মচা অমনি অদুগা হিন্দুস্তান্না অচৌবা দেশ অমনি তৌইগুবন্নুং সংসার অসিদদি পীকপ্রবা শরুক অমত্তনি। নংনা সংসার অসিগী কিডম খরা খঙনিংলবদি নচাক্না দেশ খুদিংমক্কা ভারিবা জাতি খুদিংমকী রাখল তৌগদবনি। শুপ্নগী নহাক্কী পোক্লকম দেশ মচাসিগী রাখলতমক তৌরোইদবনি।

অসিগুবা চিঠি মচা মচাশিং অসিদা রাকমশিং অসি কোঙ-ঙোকপা য়াগক্রা হায়বা ঐ খঙই। অদুবু ঐনা খল্লি, মচুদি অসিগুম্বা রাকম খরসি নহাক্না পুক্লিং চংনা পাগনি অদুগা খঙগনি মচুদি করিনো হায়ববু সংসার অসি অমত্তনি অদুগা মসিদা ভারিবা অতোপ্পা মীশিংসি ইচিল-ইনাও চাকনি। মসো হয়েং চাউরক্লগদি সংসার অসিদা লৈরিবা মীশিংগী কিংকাংগী মরমদা ইবা অচৌ অচৌবা লাইরিক করামরুম পারকখিগনি। মদুদা নহাক উপন্যাস অমদি বারী করাদা কংবা ওমদবা নুংঙাইবদু ফংগনি।

পৃথিবী অসি চহী লাক করোর করা কুইরক্লবনি হায়বসি নহাক্না খঙলবনি, অমসুং মতম করামুক কুইনা মসিদা মী কনা অমত্তা ভাররদে। অদুগা শাশিং লৈত্রিবৈগী মমাঙদা মতম অমদদি পৃথিবী অসিদা কবিগুবা জীব পানবা পোৎশক অমত্তা লৈরমদে। মসিদি সংসার অসিদা মখল করামুকী শাশিং অমদি মীওইবা জাতি করাম্রক্লা খরা লৈরে, মসি তৌবিকি মী অমত্তা লৈত্রিবৈ মতমদুগী রাখল তৌরমদা ফুনা পোক্লে। তৌইগুবন্নুং বিজ্ঞান খঙবশিং অমদি লাইরিক লাইরু লৈবশিংনা চীয়ম

অসিদা মাপ্পা খল্লে অমদি নৈনরে, মতম অমদা পৃথিবী অসি ওমথৈ লৈতনা শারম্মী হায়না ইবর অতুগা মসিদা করিগুম্বা থরাম পানবা জীব অমত্তা লৈবা ওনমদে। ঐখোয়না মচুগী লাইব্রিক পারবা অতুগা চৌংশিং অমসুং শাশিংগী মমাঙতৈগী শককশিংতু মুপ্পা যেংবা তারবদি অসিগুম্বা মতম অমা লৈরম্মী হায়বা শোয়দনা খঙগনি।

মহাক্না ইতিহাসকী লাইব্রিকশিংদা পাবা য়াই। তৌইগুম্বসুং মমাঙতৈদদি মী অমতাও লৈরমদে অতুগা লাইব্রিকশিংদি কনানা ইগনি? ঐখোয়না মতমতগী বাকমত্ত করম তৌনা খঙ-গনি? এখোয়না কমচুনা খল্লগা বাকম খুদংমক পুখোকপদি ওইরোই। মসি য়াম্না পুংঙাইবা বাকম্নি করিগিনো ওয়রবু ঐখোয়না করিগুম্বা খন্না খাল্ল অতুগা কতবা হেলে।ইগী বাখী পুংথোকই মতুদি করম তৌনা অচুম্বা ওইগদৌরিবনো? অদুবু মমাঙতৈগী অইবা লাইব্রিক লৈরমজ্রগসু ঐখোয়না লাইব্রিকগী ওতথদৌনা খঙনিংঙাই ওইনা বাকম কয়ামুক লৈ। চৌং, সমুদ্র, থরাম্মিচাক, তুরেনশিং, অঙল শাশিংগী শক তারা অতুগা অসি-গুরা মথংগী পোৎশক কয়ামরুমসু লৈরি। মখোয়শিংসিগী লাইব্রিক লৈ মসিদগী ঐখোয়না সংসারগী মমাঙতৈগী কিতম খঙবা ওম্মী। অদুবু ঐখোয়না সংসারগী মরম খঙনবা অতোপ্পনা ইম লাইব্রিক পাবা অমকনা ওইদে ইশ্বরগী সংসারগী মওং দোৎন্নিন্না লাইব্রিক অসি পাচুনা লেপ্পবদি এগী অমাপাদি চৌংশিং অমুদি মুতশিং অসিবু কুম্না লৈরবগা মহাকসু তুমিৎ থরাম্নী।

মনুষ্যদা মতুগী মরম খঙবা ঙমগদি। খল্লু কয়াদা, সুংঙাইগ্রবা রাকমনো! নহাক্না সরক্না অমদি চৌংয়াদা অপীকপা সুঙজেং তাবা উগনি, মতু সংসারগী লাইরিক অসিগী অপীকপা লামায় অমা ওইবা য়াই। মতুদগী নহাক্না অনৌবা রাকম কয়ামুক খঙবা য়াই। মরমদি অসিনি নহাক্না পাবা ঙম্নবগীদমক উর্দু, হিন্দি, ইংলিস তম্নবগীদমক মখোয়গী ময়েকশিং তম্লি! অদুম তৌদুনা অহানবদা নহাক্না প্রকৃতিগী ময়েকশিং তম্বা তাবনি। মতমতুদা মতুগী রারীদু খঙনবা সুঙশিং অমদি চৌংশিংগী লাইরিক পাবা ঙমগনি হৌজিকসু নহাক খরা-খরদি খঙবা ঙমগনি। নহাক্না করিগুম্বা অকোয়বা অনানবা সুংজেং মচা অমা তাবা উবম্বা য়াই মতুদ সুংজেংতুনা নংঙোন্দ করিস্ত খঙহল্লকপ্রবা? মসি করমতৌনা কোয়রপ কোয়বা অনানবা পেং অমা ওই-খিব অদুগা মতুগী অঙম্মা মপান অদুনা করি ওইরিবা? নহাক্না করিগুম্বা সুঙজাউ অমা মচেৎ মচেৎ তান থুপাইরো, মচেৎ থৃদিংমক ঙপ ঙপ লাউগনি অমদি মচীন তুমগনি অনানবা অকোয়বা সুঙজেং অদুমদি তৌরোই অদুগা সুঙজেং অসিনা করমতৌনা কোয়রপ কোয়বা অনানবা অমা ওইরিবা। করিগম্বা নহাক্না নমিৎ অমদি ননাকোংনা তাবা অমদি উবা উম্বদি নহাক্না মাগী মচৌন্দগী মহাক্না রারী তাবা ঙমগদবনি। মখোয় নংঙোন্দা লাগগনি মতুদি মতম অমদা হায়বদি য়াম্না কুই-রবগী মবাউদা সুঙজাউ অমগী মচেৎ অমা ওইরম্মী হৌজিকমক সুঙজাউদগী থুগাইবদা মচেক নাইরিবা অদুগুম্না ওইরম্মীবনি।

মহাক করিগুম্বা লোকচপ অমদা ফাহুনা লৈরম্বনি। মশিং চেম্বরকপদগী তাউথহনা করিগুম্বা মকম অমদা অমুক পুহুনা চৎলম্মী। অদুগী অমুক অকনবা উশিংনা ইম্বরুনা ভুরেল য়োরকই। অদুদগী অমম পুথরক্লুনা অচৌবা ভুরেল য়োরক্লে। মরকসিদা ভুরেলগী করিগুম্বা মহৈ অমদা ভুত্তহনা লৈরে অদুদগী অমম অমম মচেক ময়াম্বু ভকথৎলক্লুনা মানথৎলক্লম্মী অমম্মা মুত্তৈং ওইনা নমাতদা লৈরিবহুদনি। ভুরেলগী মশিংনা অমম অমম পুথবিরদগী অমম পীকশিল্লক্লুনা মবৈদদি লৈচোয় মকুপ ওইরকই অদুদগী সমুদ্র খোংবান্দা মখোয়গী মচিনমনা ওশিংগা ফিমরম্মী।

অনীকপা মুত্তৈং অমনা কাওবা নংথোম্বা অমুক য়াথা য়াকমশিং অসি তাকপা ওম্রবদি ঐখোয়গী নাক-মেৎ অকোয়বদা লৈরিবা চৌংশিং অমদি অতোপ্পা পোৎশকশিং অসিনদি ঐখোয়দা হাকম কয়ামুক কেম্না পওহনবা ওল্লগনি।

জবাহরলালনা ইন্দিরাদা ইবা চিঠিশিংগী শীর্ষক মখাদা পীরি :—

১। সংসারসি লাইরিক অমনি। ২। অহৌবগী ইতিহাস করম তৌনা ইরম্মী। ৩। লৈপাকসি করম্না শেমখি। ৪। থবায় পানবা পোৎশিং করম্না পোকখি। ৫। শাশিং করম্না মতমদা পোক্লকই। ৬। মীওইবা করম্না মতমদা পোকখি। ৭। অহাম্বা মী। ৮। মথক মথকগী জাতিশিং করম্না ওইখি। ৯। মীশিংগী জাতি অমম্বং লোন। ১০। লোনশিং অমগা অমগা মরী লৈনবা। ১১। সভ্যতা হায়বসি করিনো? ১২। জাতিশিং ওইখিবা।

১৩। ধর্ম্মগী হৌরকপা অমসুং থবক থাইদোক্লরকপা। ১৪। লৈনগী থোকপা অওনবা কয়া ১৫। শাগৈগী লুচিংবা করম্না ওইরকপা। ১৬। লুচিংবগী অধিকার করম্না কেন্দোরকই; ১৭। লুচিংবনা নিংথৌ ওইরকই। ১৮। অহোৎগী য়ুমলৈ কৈরৈ। ১৯। থাইনগী অচৌ অচৌবা সহর। ২০। মিশ্র অমদি ক্রিত। ২১। চিন অমদি হিন্দুস্তান। সমুদ্রদা কোয়বা অমদি ললোনবা। ২৩। লোন, খুৎই, অমদি মশীং। ২৪। মীশিংগী তোঙান তোঙানবা থাক। ২৫ নিংথৌ, মন্দির অমসুং পুজারি ২৬। তুংলোমদা মিয়েং অমা। ২৭। সুং ওল্লকপা ঙাশিংগী ভসবীর। কাঁজিন অমদি থাইনগী লেমহৌখাক। ২৯। অর্য্যশিংনা হিন্দুষ্টান্দা লাকপা। ৩০। হিন্দুষ্টানগী আয্য করম তৌরম্মী। ৩১। রামায়ন অমসুং মহাভারত।

---

লোইরবা

# 'য়েক্লব' পাবিয়ু

য়েক্লবা হায়বা ড্রামা অসি রুসী কবি অকাওবা মাক্সিম গোর্কিনা ইবা ড্রামা খ্বিবক্তগী তোপ-তোপ্পা, থোইদোক হেনবা ড্রামা অমনি। ড্রামা অসি মীতৈলোন্দা পুথোরকপসিদা থোইদোকপা মখুন চেনবা ওইবনা সোভিয়েট লেণ্ড নেহরু এৱার্ড কমিটিনা শোক ১৯৭৬ কী এৱার্ড অসি পীবিখ্রবনি।

এ, প্রিয়কুমার

লাইরিক ফংফম— ঐরাবত ভবন, বি, টি রোড
ইম্ফাল, অমদি ইম্ফালগী অতৈ
লাইরিক য়োনবমশিংদা